# মার্ক্স নুংঙাইরবা কারীনি

প্রেমকুমার



অহানবা কোঙবা
জুলাই, ১৯৮০

অকোঙবা
পিঃ কেঃ পব্লিকেসন, ইম্ফাল, ৭৯৫০০১

মমল লুপা ৪.০০

নম্ফম
জেঃ এণ্ড প্রিন্টিং ৱার্ক্স, ৱাইকুল, ইম্ফাল।

# য়াওফম

# ৱাহৈ অমতং

মতম কুইনা ফোঙবা ঙমদদুনা লৈরম্লবা শৈরেংশিংগী মপুংদা খরদং ফোঙদোকচদুনা মীয়ামগী মকমদা শিন্নজরি, ৱাওরিবা শৈরেংশিং অসি শোক ১৯৭৬ তগী ১৯৭৮ কাওবগী মপুংদা ইখিবশিংনি। লাইরিক মচা অসি ফোঙনবগীদমক শেলগী মতেং পীবিরকপা মণিপুরগী ইডুকেসন ডাইরেক্টর ( স্কুল ) অমদি নমগী থৌদাং লৌবিখিবা অমস্থান প্রিন্টিং ৱার্ক্সকী মীওই খুদিংমকী মকমদা থাগৎচরি।

প্রেমকুমার

# হাফ্নৌদোক

মনিপুরী শৈরেংগী অবোইবা মশক কমানসু হায়বা ওমদ্রি। মবমদি মসিগী য়ুম্ফম ওইরিবা খুন্নাই অসিগী পুন্সি-শক্তম অসি তক্তনা হোংলি। চাউরাক্লা চহি নিফুমুক্কী মনুংদা ওল্লক্লিবা শৈরেংগী মশক অসি নৈনক্লরগা খুন্নাই অসিদা য়ৌরক্লিবা শাফু খরদি অপাবশিংনা ফাওবা ওমই। ঐখোয়গী শৈরেংবশিংনা লাচলহৌবা শাফু কয়াগী চৈথেংগী মমি ফোংনা নক্লগা ইন্সিংনা ওইরবসু তোঙান তোঙানবা হাইহে অমদি শৈরেংগী নমুনাদা ফোংদোক্লবক্রি। মসিনা মণিপুরী শৈরেংগী ঈচেল অসি কোং কোং শাহল্লি অমসুং লমদম অসিগী মঙ অমদি অশেংবা শক্তম কয়া খুৎনা শোক্তুনা য়েংবা ওমহল্লি। মসিগী ঈহৌ অসিগী মনুংদা মাংজিন থানা চোংথোক্লক্লিবদি নহারোল শৈরাংবা ভাক্রনি। অহল্লোন শৈরাংবা কয়াগী খোজেলদি পুমশাম শামখিবদি নত্তে, অহুবু অনৌবা মতমগী ঈহৌ অসিগী মরক্তা মরিং-অন্নাংনা তারকখি। কমল অমা, চাউবা অমা অঙাংহল অমা মণিপুরী শৈরেংগী খোংচৎতা ইতিহাসকী মচল ওইনা য়ৈশিন্নুনা লৈখি। মসিসু মণিপুরী শৈরেংগী খোংকাপ অমনি।

অহুবু অনৌবা থোরক্লিবা নহারোলশিং অসিগী মীৎয়েং অম-মুং খোংচৎ অসি উচল অমত্তদা পুম্না থম্বদি য়াদ্রি। মান্নরিবদি মখোয়না ফংলুরিবা মহৈ অমদি শৈরেংগী পাঙ্গল পিরকলিবা ঈফুৎ অহুনি। মসিগী মথক্তা পান্দমগী অপুনবা লংজিল অমখক্তংগা হাপচিনবা য়াই। নোংচুপলোমগী মহৈ-মশিংনা পিংকপা রাখল-লোনগী মথক্তা লৈহাউ অসিগী লৈনম থর নিংথিনা য়ানশিল্লবনি। মসিগী লমজিং-মৈরা পায়রিবনা অয়াম্বনা ইংরাজি অমদি মণিপুরী সাহিত্যদা লুপ্লুরবা ঙাক্তনি। অহুনা মণিপুরী শৈরেংগী অহোংবা পুরক্লিবসি মপুংদদি মতমগী মহৈ-মশিং নিংথিনা তমলুরবা কাং-বুননি—মখোয়গী অথম্নবা খুদোলনি।

লাইরিক অসি পুথোকলিবা গুরুঅরিবম প্রেমকুমার শর্ম্মা হীরম অসিদা ইনৌ-নৌনা চোংথোরকপদি নত্তে। ইংরাজি সাহিত্যদা মাষ্টর তৌরুরবা, নহারোল কাংলুপ অমনা পুথোকপা 'মালেম' হায়বা সাহিত্যগী চেফোং অমগী ইডিটর ওইরিবা, অইবা অসিগী মমাংদা ফোংথিবা শৈরেংগী লাইরিক অনিথকম্নু থেংনপ্রে। হন্দক্তসিনা অইবগী অহুমশুবা খুদোলনি।

থোইনা শাংদবা শৈরেং ৪১ না শেম্বা লাইরিকনি। অইবনা 'য়াওরিবা শৈরেংশিং অসি শোক ১৯৭৬ তগী ১৯৭৮ ফাওবগী মনুং-দা ইখিবশিংনি' হায়না ফোংদোকলি। হায়রিবা মতম অসি মণি-পুরী শৈরেংগী খোংচৎ অমদা হায়বা তান্নগদি অনৌবা শৈরেংগী 'নোংলৈ-মুংশিৎ' নেমথরকপা তাংকক অমনি। হান্না মসিগী ফিরাল পায়হুনা চোংথোকলম্বা শৈরেংবশিংমু অনৌবা খোঞ্জেল পিরক্তবা অনৌবা থোরকপা নহারোলশিংমু মপুংওইবা লম্নাইগী লাইরিকশিং পুথোক্তুনা চপচানা মশক তাকপা ঙমদ্রিবা মতমগী লোম্নবগী তঙ্গা অমনি। অহুবু খুম্নাই অসিগী পুন্সি-শক্রমদা য়েংলুবা তান্নগদি

মতম্ অসিনা খাইদগী হেন্না অহোংবগী চৈক্লগী মমি তারকপা মিকুপনি। ঈংনা-চিক্লা লৈরম্বা খুন্নাইসিগী পুন্সিবু নিকহনবা হৌরকখিবগী তাংককনি। মসিগী খোঞ্জেল থরদি নাইতোম ওইনা তাবা ফংলকই - অহুবু অয়াম্বা মপুংদি নাথৈহুনা তুমিন্না চৎখি। মহুগী মছুৎতা শৈরাংবশিংনা খোৗরাংনা য়েংলকখি মশামক্কী থম্মো-য়ন্নুংদা অমদি চীংলোন মাপল লান্না মতমগী পুন্সিগী চৈনাখোল মরক্তা। ঈশৈ অসিনা হেন্না চুশিন্নখি।

অচৌবা-অপিকপা, ঈনাক খুনবা-লাইরবা, অৱাংবা অমদি হন্থবগী অরুম-অয়াংনা তোখায়-তোখায় তাহন্নবা মীওইবগী খুন্নাই অসিদা মাংলকই মী অমগী অরেপ্পা মশক, অচুম্বা শক্তম— ফনা খোঞ্জেল হৌনা লাওহুনস্থু হনজিনবা ঙমদে মহাক্কী মাংপ্রবা শক্লোন অহুদি। ফিভম অসিদা লেপহৌরিবদি মহাক্কী পাঙ্গল থোক্ত্রবা অমদি 'ফম্বী কংলবা' থম্মোয়হুতনি। মহুনা মশেন-মরাং ওইনা শাগৎলকই অতোপ্পা খোঞ্জেল অমদি অতোপ্পা লমদম অমা— মহাকস্থু ফিভম অহুদগী কনহুনা থাপ্পা পুথোকখিবা য়াবা। অসিগুম্বা য়াম্না তোয়না 'হৌজিক্কী মী' অমনা থেংনরিবা ফিভম শৈরেংগী অনৌবা নমুনাদা নহা ওইরিবা শৈরেংবনা পিক্লবা লাইরিক অসিদা পীরি। খুন্নাই অমগী মন্নুংদা চৎন পথাপ কয়ামরুমনা লাং ওইনা কুপতুনা লৈরি। মিরাংনা থুববা উপায় লৈত্রবা কুরাকুম মী কয়াগী পুন্সিনা মহুদগী নাম্থোকপা ঙমদনা অতোপ্পগী চাকথাক ওইহুনা পুন্সি কেম্‌খিবা কোঙ্গায়নি। হৌগৎতুনা চোং-ফনহুনা খোঞ্জেল থোক্লা লাঁওজরুবস্থু মহাক মথক্তনি— নাইতোম ওইনা লমহাংদা লাওজরুবনি। অহুনা খঙন-খঙন চৎন পথাপ অহুগী লাং মন্নুংদ হিংহুনা পিথম্নবা তারকই। অহুগা চৎন-পথাপ অহুগী হং শান্নরিবা খুঙ অহনা খুন্নাই অহুগী অপিল-অপাল ঙাক্তনি। ফিভম অসিদা উবা ফংলক্তে কৈগুমশঙ নত্তনা লম্বী অমত্তা।

অসিগুম্বা থম্মোয়শিংগী নাহেখোন অমা শৈরাংবনা লাইরিক অসিগী শৈরেংগী লৈনাশিংদা তাহল্লি। মীওইবগী অচুম্বা অমা অতোপ্পা ছন্দদা অমুক পাওদমলবনি।

পুথোক্লিবা শৈরেংগী লৈনা খরসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা অচৌবা পন্থুপ অমা হাংদোকহল্লে হায়বদি ঙম্মোই। মতুদি অপাবশিংনা নৈনরগা কুপ্পা বিচার তৌসনু। অদুবু লাইবিক অসি পুথোকলিবা অইবগী পান্দমদি লেপ্পা লৈতনা হাপচিল্লক্লিবা মণিপুরী শৈরেংগী পুক্কেদা 'নুংঙাইরবা রাবী'গী মচল অমা ইনৌ নৌনা অমুক হাপচিল্লবনি। মণিপুরী শৈরেংগী লাইবক লেপ্পনবা ঙসি লৈহৌরিবদি নহারোলশিংনি— হিমায় চুম্নবা অহল্লোন কয়া লোন থোক্লবগুম তুমিন্না লৈপ্রে। মতাং অসি শক তাক্লবগী অচৌবা তাঙ্গা অমা হাংদোকপদা নত্তনা চাংয়েংবগী লুববা মীকুপ অমত্তনি। মতমনা শিন্নরক্লিবা অচৌবা দায়িত্ব খোংফম চেৎনা পুবা তাই। মসিদা মায় পাকহৌরবদি মণিপুরী শৈরেংগী অনৌবা মপোক অমনি, খোংফম শোয়হৌরগনা পুথরক্লিবা ঈচেল অমবু ঈথায় পিবগী মচুৎতা চনৈননা অথিংবা ওইখিবগী অকিবনি। রাফম খরসি ঐনা মাংদা থমজরগা শৈরেংবগী লাইরিক অসি পাবিরিশিংনা খরগা হেন্না কুপ্পা অইরবু রায়েনবিনবা হায়জরি।

জুলাই ২৭, ১৯৮০ ইং লোংজম জয়চন্দ্র

# ১ মরিক চুমথরা উহৈ

ঐনু অহিংবা মী অমনি,
অশোক মনাগী খুদমনি
খুদোংথীবা মংলবশিংগী মহুৎনি
মসিনা মতমগী
হোংদোক হোংজিন্দা থেংগাইনহল্লিবা
নাহোকপা য়াত্রবা চৈফু অমা
ঐগী ইমাগী লাইবক্তা য়ৈরিবা।
ঐ পাপনি,
মহুদি ওসিগী মীওইবদা মীনমলিবা।
ঐ অহিংবা ওইনা লাকখি
সুমিৎনা খৌয়াংবা পোক্লকপদা
অচুপা থানা অমম্বদা তিনখিবদা।
ঐ অশোকপগী খুদমনি
মহুসি ঐগী ইমাগী হকচাংদা
চৈবা য়াওরিবা।
মী-ওইত্রবগী অরুবা
মহুদি, ঐগী ইমানা থা কমা
মশানা য়াদনা মীয়োনখিব';

ঐঙী ইমাগী মনাক্তোন চাকথেকখি
মহুংদগী থোরকপা নমথীবা মনমন। ।
কনাবা শেংনা হাববা ঙমগনি
কয়াম থুদোং থীবগে হায়বত্তু
কনাঙবগী পুক্তা মীমুংশি য়াওদনা
শেমজিনবগে হায়বত্তু
করম্না হকচাংবু তুমহনখিবা
অত্তুপা শরুশিংবু চাকথেকহনখিবগে হায়বা ?
ঋতু অত্তুগী উটৈহনি ঐনা
উটৈশিংনা নিংথা তম্না
মটৈ য়াম্লিবা মতমত্তুগী ।

## ২ ম্নাগি পরেং

মসিগী উশিগী মথাদা
মছুদি নঙনা হৌজিক লেপলিবা
মিৎকী অতৎ-অথম লৈত্রবা পিগা
কনাগুম্বা থবু ঙাইমছুনা,
মুপীমচা অমা থেংনখি।
ঐগী থুদাংদা কোনশিনবীরছুনা হংখি,
"মকম অসিদা কপ্লছুনা লেপলিবা করিগীনো ?
লমহাংগী লৈগী পরেং অমা
মথ্বাংদগী পুথোক্লুনা ঐঙোন্দ উৎলম্মী
অছুগা হায়খি, অয়'ংব় যুগশিংদা থিল্লছুনা
কায়থানাগী থৈথু কায়বা, মথোয়গী মকোক্লা
অতিয়ারোমদা য়াংনা থাজৎলিবা
চেমনিংশিংবু য়েংলছুনা,
'ঐগী মরুপ মকমশিদা চংখি',
হায়রম্মী য়ানী, মকমশিদা চৎলে,
নঙগী "ম্নাগী" পরেং অমা পুররকপীদবক।

# ৩ পৃথিবীসিগী মচল

ঈশিং, সুংশিৎ, লৈপাক,
ধাতু,
পুন্সি, মচলশিং অসিগী পোৎথোকনি।
অছুবু মথোয়শিংঃ অসিগী মরক্তা
অমত্তগীনু মথবায় পান্দে,
অশিংবা মীনা ঐখোয়বু খঙহল্লি,
অছুমওইনমক পুন্সি অসিবু করিনো ?
শক্তি অমা !
করবা শক্তি ?
ময়াং কায়রবা রাকমনি;
পাওথোংশিং অদি লোইবা লৈতে,
ঐখোয় করি তৌগনি ?
চিংনলিংঙাই লৈতে,
ঐখোয় হংলি
অজুবু,
ঐখোয় পুন্সি হৌরকফমদি খঙদে
ঐখোয় খঙরা... ক্লমদে,

ঐখোয় উপায় লৈতে

ঐখোয় থওবা য়াৎলে;

ঈশিং= মনিল অশী, 'হাইড্রোজেন+ওক্সিজেন',

নুংশিৎ=মনিল থর', 'ওক্সিজেন+নাইট্রোজেন+
কার্বোনডাই ওক্সাইড,'

পৃথিবী মচল=লৈবাক (অশাবা, অঈংবা)+
ঈশিং+নুংশিৎ।

অসুম্বা তিল্লখি মরকসিদা

ঐখোয়সু পৃথিবী মচল অমগী মসুংদা অমা ওইনা।

## ৪ পাউজেল

পাম্মী,
রাখল অমম্বুং শক্তম ( মমি ),
পাম্মী,
মাম্মা কাওরবা অইবা অমগী ;
চিঠি থাবীরকউ ...........
অনৌশুবদ অমুক হাপচিনব'
"মরুওইনা অইবশিংগীদমক্তা
ঐখোয়দগী
উপন্যাসকী অচুগা বারীগী পরিং
চপ চাবা মমলদা ফংগনি"
( অনৌবা অইবগীদমক্তদি মরামদগী অতাবা
মমলদা পীগনি । )

# ৫ অনৌবা খুদোল

ঐনা থল্লবছুমক নহাক্না ওইবরে
নংলমজরবদি নত্ত ঐ কয়াদা য়েংথিনরমগবা ?
নহাক্কী থম্মোয়গী শক্লক মচেৎ অমা
পীরক্লম্লব' নহাক্না ঐগীদমক
কাখৎলমগনি থম্মোয়সে ।
অদুবু তশেংনা থংথিবাক্রে
ঐগী অনিংবত্তু নহাক্ক' ।
নংগী অশাওবত্তুনা ঐবু চরাওহল্লি
নংলমজরবদি ঐস্ত বাক্সমগদবনি,
সুমিৎ অত্রু –
থিনা থিনা -চৈথি নহাক্না ঐবু
নোক্না নোক্না তাথি ঐহাক্না –
—নংথরথবত্তুনা.
ঐনা হায়বা থুদিং নহাক্না থাজরবদি
মতম চুপ্পা কপ্পমগনি
নহাকস্ত ঐহাকস্ত ।
ঐহাক্না পাম্মবস্ত, অনিংবত্তুদ্রি থংহনবা
চিংনবদি কাওই থম্মোক্না
অচুম্বত্ত থংগ্রবরা হায়না ।

## ৬ মেংখিনবনা
## পোঙ্খাহল্লি ঐখোয়বু

মহাত্মা হংখি তপ্পা, করিগীদমক ঐহাঁক মাইথীরিবনো ?
'কজবগীদমক' ঐনা খুমখি—
অহুগা ঐনা 'অচুম্বগীদমক'—মখোয় অমত্তনি
ঐখোয় পুম্বা ইচিন ইনাও ওইবত্তুম,
অম্বম্বা মরীমতাণুম, অখেংবা অহিংদা উটৈ—
য়েক্লবগী যারীশিংনা ঐখোয়বু উনহল্লি।
ঐখোয়না যাওী পাই'
ইখংশিংদুনা ঐখোয়গী চিনবান মৌত্রিকাওদি
অহুগা কুপশিল্লকত্রিকাও—
ঐখোয়গী নৈরিবা পুমসে,
অন্নবা য়েক্লবগী যারীনা
পোখানবা ওইরি।
মাইথীরবা ঐখোয়মিঙ্থ
ওসি য়েক্লবনি।

# ৭ খোঙচৎসিনা হল্লকপা

ৱাখলগী কল হোৎলি
'লন মচেৎ অমগী',
তুমিন লৈরিবা চৌংজ্রুম।
করিগুম্বা মৈ অমত্তনম্ম ঐগী থুংশিববু
মহি চেলহনবা ওমলমোই ওসিদি,
মৈ অসিগী মৈরি লাপ্লা থমখিগনি ঐনা
পৃথিবী অসিমু হোংলি
ঐমু মতম থম্মগী তুংদা শোয়দনা লাকখিগনি,
ঐগী পুন্সিদা মাবু অমুক কৌরখিগনি।

## ৮ মপুং ফাৱবা লন

খোংজিন্দা মহাক লেপলি
লন মচেৎ অমগুম
মহাক্কী মাকন্দা লেপলি মপু,
মাগী মপুৱোইবা.
মমাংদা, মাগী মুংশিখোইৱবা
খোংজিন্দনা মহাক লেপলি
তুমিন্না অমত্তং লেংদনা
থৱোগুম অঙোবা য়ুম্বীগুম.
পোন্দ নৈলবা থুন্নুগুম
নিংথিৱি মহাক্কী থবাক্না.
মঙাল কয়া থোক্লব মুংগুম
লংলি মাগী মমিৎ অনিনা.
মহাক্কী চিনবামশিং,
অঙাংবা তম্ফা অনি তক্লবগুম উৱি
তুমিন্না, উপাই নৈতনা
মহাক্কী ৱাঙাং, মোমোন ন্নোকপা লোইখিল্লনা
অহিংগী মমিনা কুপপ্রবা শক্তম
অৱা-মৈশা লাংলি,

ঈ-খোরাংলবা হি·চাবশিংগী মফমদগী
খাংলি অরাবা ।
মঙাকী নাকন্দা
মপুরোইবদুনা লেপলি
মচাকী মরেংবান্দা মখুৎ অহু থয়দুনা,
মহাক্না হায়খি
মসি ঐগী ইরৈলনি
ঐনা মপু,
'মহু'গী (চৎন পথাপকী মরমদা ইবা মীশক)
চৎন পথাপনা ঐবু য়ারিবা ;
অমুম্না তৌবসি সুপাশিংগীদমক্না ?
ঐগী ধর্ম',
অতুগা মরামগী চৎনবী
থম্মোয়না কদায়দা ?
খুদিংমক অমত্তা নত্তে।
ঐ য়েংখিগনি
নিংথিরবা য়ুমজাও অসিনা,
ঐবু নৈফম পীদবা,
নত্রগা নিংথমথাদা ঐবু শাগৎহন্দবা,
অতুগা কালেমথাদা ঈংহন্দবা ওস্বগে হায়দুনা।

## ৯ ৱারীসিগী পল্লেপফম কদায়দনো

চুম্মী, নখোয়গী ৱারীদা ঐসে তোয়না য়াওই
ঐগী ৱারীনা নখোয়গী হুংঙাইবনি।
অদুবু, নখোয়দগী থঙনিংলিবদি,
ঐগীদমক নখোয় ৱাথ্রবরা ?
নত্রগা ঐ করম্না অস্থুম ওইরকখিবগে
থিথ্রবরা অমুক্তম মাইকৈসিদা ?
কৈথেল মচি খুদিংদা
য়ারেক্লিবশিংগী পুন্সিদা
অশেংবা মু.শিৎ করম্বা কান্দা ফংথ্রবগে ?
মতমসিগী লায়না চেল্লবা হুংশিৎনা
কোইনা হুমলকপদা
করম্না ঙাকপা ঙমগদৌরিবনো ;
লৈত লাইরগী য়াথল খল্লিদৈদা.
অদুনদি, ঐ নাবা তায়
মথল কয়াগী লায়নানা।
নখোয়গী ফত্ত-হৌদি হুন্দোকফম
ওইরি ঐগী লৈফমদা,
করম্বা ইতিক্লা 'সিবু থিংবা ঙমগনি ?

কয়ারক হয়া হোৎনখি
শেংদোক্রবা কশুব' কয়া
অহুবু, বিষুযরেখাগী লমদা হৌ'শা
মশা মরেং কলবা, কংলবা মাপীশিংবীগুম
অসুম অসুম হেমগৎলকই !
মথা অসিদি
ঐ মতম খরা নৈরমলগা
লায়নাসিনা লাকহন্তুন। শিখিবা তাম।
মতমহুদা মাংখায়গী বায়ী
মথা নৈখিগত্রা ?

# ১০ মসিস্থু নুংঙাইরবা ৱারৌনি

থাংজিনগ্রবা খোঙথাংগী
তাহৌরবা মমি, অশোইবগী
করিগুম্বদস্থু মুৎলোই,
খোঙফম অদু তাহম্নবগীদমক
অস্থুমক চংশিনগদ্রা।
নত্রগা, খোঙফম অদু শেমলিবা
খোঙচু, ককথৎনবা হোৎনগদ্রা ?
মসিস্থু ৱারিনি তাবদা নুংঙাইবা।
অঙাং নিংঙাই তৌবদা
পীজনবা কবোক
লংলি মাইগৈ কয়াদা
মচুদা, নিংঙাই চাওবা অঙাং
কপ্পা তোকখি, নিংঙাই লেপখি।
অচুমদি ৱারোসি মখা তাখিগদ্রা ?
হৌগৎপা য়াদনা লেখগ্রবশিংনা
করিগীনো, চিংখৎলবা ফাওবদা
কাখৎলকউ য়াত্রিবা !

মীশা চাবশিংগী মথক্তাংতগী
তারকপা ঈ মরিক থরথক
তারকপদা মখোরগী মকোক্তা,
লাকনরি, লাওনরি, হাংনরি,
মখোয় মশেল মচাগী মশুগী
ঈ মরিক থরা থকহৌননবগী।
মসিন্থু সুংঙাইরবা বারিনি।
অদুনদি ঐখোয় চহি চা কয়া
তুমথখিবা তারিবরা,
বারীগী লিক্রম হোংত্রিকাওবা ?

# ১১ শিল্পীশিংগী নুংশিৎ

মেগী তারিক অমদি কয়ারক কৌব্রে
মতুংদসু লাকখিগনি
ঐগী মতমদা নত্রবসু।
অদুবু শিল্পী' পুন্সি ৱারীদা
লাকপ্রবরা অহোংবা ?
পৃথিবীগী ৱারী কয়াদা
তারি নৈহৎপগী ৱারী,
ৱারীশিংদুদা য়াওরি,
খোঙকম অমফাওবা নৈতবগী ৱারী।
মাইকৈ অমদা নোকলি
শিল্পীশিংগী নিংখা তমলে,
অমরোমদনা ফাওরি,
শিল্পী ফাওবা ওইবা ঙমদবগী অৱাবা
হায়বু অদুদি—
শিল্পীগী নিংখা তম্বদা
ঐখোয় নোকত্রা নত্রগা
শিল্পী ওইবা ঙমদ্রবশিংদুগীদমক
ঐখোয় কপকত্রা ?

মসিদি ৱারীনি অম্নাবগী
হুংঙাইখোক্লিবশিংশা পাবা হুংঙাইগদবা
অছুগা নোকদবা।
অচুম্বগী পনথৈ মশক খঙদে
অরানবগী পনথৈ মশক খঙদে
নৈহৎপদা তাম্লিবা খোঙকমগী মমিনা
পুম্নিগী ৱারীদা চৈনা পীরি,
মক্তুদা হম্নাওরি,
মী-ওইদবগী শক্তমশিংচুনা।
লাকথি মেগী তারিক অমা করারক হয়।
মীওইবগী অবা চৈনা মতুং ইন্নথিনি
লেপ্পা লৈতনা,
শিম্নোগী নিংখা তম্বা মুমিত্তা
চিংয়োল হৈবশিংগীদগী
চিখহৌরবা শক্তম অমথক্তা লোয়ননা।

# ১২ শোক্সা তায় লম্মী

সাইবেরিয়াগী উনখাদা ফমজিনহনশিন্না
নত্রগা সুংশা মণ্ডাল কংত্রবা
বিষুবরেখাগী অচোৎপা উমংদা লোৎলুশিন্না
নত্রগা সাহারাগী লৈচ্ছোই লমজাওদুনা
চাকথেকহনলিবা পুন্সিসে ?
নত্রগা,
ফমজিলহল্লিবা সাইবেরিয়াগী উন্
সুংশা মণ্ডাল কংহনদ্রিবা
বিষুবরেখাগী উমংশিং
সাহারাগী অশাবা লৈচ্ছোই লমজাও
ফখোয়শিং যাংহনবা
মথল কয়াগী থুংলাই শিজিন্নসিন্না ?
নঙ্রবদি,
ঐখোয় লৈবা তায় অস্সুম্ন'
লেংবা ওমত্রবা সাইবে'রিয়াগী
উয়া ফমজিন্নবগুম
সুংশা কংদ্রবা বিষুবরেখাগী লৈপাকুম
অঙৌংবা লৈত্রবা, সাহারাগী লৈচ্ছোইগুম।

অহুমা,
ঐখোয় চংশিনবা তায়
লমদমশিংশিগী থাংঙমদবশিংছু মাংহন্নবা,
শীজিন্নবা তায় মখল কয়াগী পাষ্টৈ
মহুগীদমক মাংহনগদবনি পুন্সি নিংহন্নদনা,
তুংদা লাকদৌরিবসিগীদমক,
শেমলমগদবনি মথোয়গী অফবা লম্বী
হিংবদা সুংঙাইনবা ।
হিংবগী অর্থ মচেৎ অমফাওবা
পকহনজ্রিবশিংদুগী মথক্তা
লংশিনবা তায়,
লম্বেল শেম্বদা থেংনন্নিবা
কত্তবশিং অহু ।

## ১৩ শুন্য

নঙ, ঐ, মা অমদি পৃথিবী
মচল মায়বা পোখোকশিং
তমথীরবা য়েক্সবগী লম্বেল শেমলীবা,
নীংশিংবা ঙমত্রবা মতমগী ৱারীদা
চৎমীয়হুনা লাক্রবা চিথদনা,
মায়বা ৱায়ীদা, য়েংকম ওয়বগী
তোঙানবা মশক, কয়াদা ওয়শ্রবা
পূয়মক মুংশিৎকী কুয়োমমুংদা,
মুন্যদগী ওনখিবা মশীং
অমা, অনি, অহুম, মরি……….. ।

## ১৪ অনৌবা য়াওল

ঐহাক ঙাইখি
তত্তনা মোংমতা নত্তনা
হুমিৎ খুদিংগী—,
খোয়াংলবা চিম্বানশিনা
মহাও চেল্লবশিংদুবু ।
থঙখিদে ঐহাক
করিসু থঙখিদে,
কংশিনখি, চেথাইরকখি,
কল্লক মিহৌনা, ঙাইঙমদনা
ঙাইখি, অদুম্মক ।
ঙাইখি ঐখোয়না
ঙাইখি ঐখোয়না
য়াম্না খোয়াংনা য়াম্না ঙল্লা ।
কম্বিগুম্বা লাক্লবা অতিয়াদুদগী অমুম্মক
পৃথিবী অসিগা শকখঙনগদবগী
অমংবা মাইথোং পুত্তুনা
হুমিৎতু মহাকসু উগনি,
পৃথিবী' অনৌবা য়াওল অম্মা ।

## ১৫ দাবী

ঐহাক হিংলি
ঐহাক হিংলি
কোইনা লাওখি মকম খুদিংমক্তা।
অমুক পোকপা, অমুক শিবা
অসিতনি, করিনু থঙদে
অতোপ্পা অমা।
লোংমা সহমগী নিল্লবা মরক্তদা
ইশক অসি তাকখি.
ঐহাক শিথিরোই, হিংখিনি হায়রনা।
মসিতনি ঐনা পামলিবা
মসিতনি ঐনা নিংলিবা।

## ১৬ পনৈখদুদা

গুসি —,

অহিংবা পুন্সি লৈত্রে

অহিংবা পুন্সি লৈত্রে।

থবায় য়াওজ্রবা হকচাং

যাওগ্রনি লৈরোলমুংদা

অগ্রিবা ইতিহাসতয় য়াওরয়োই—

থখি ভারয়োই।

অওনবা মাইবা লৈচিলনী 'বয়ক্তা

তিনশিনবা হৌরে অহিংবা জাতি;

অয়েগ্না লৈতে অমথয়

অয়েগ্না লৈতে অমথয়

অয়েগ্না লৈতে।

## ১৭ নিংশিং ৱারী

নিংশিংলিবনি ঐদি নোংমকন্থ কাওদরা
পুন্সিগী কৌগ্রুবা মতমগী ৱারৌশিংহুনু,
চেকশিলহৌদ্রবা খোঙকময়দুগী খোদোক্কশিংদুবু
ওইখিবা অশিবা পুন্সিগী পোম্বা মঙলা।
’হিংবা পুন্সিগী লুংঙাইরবা ৱারী পত্রিংদা,
থাজরুদে অস্থবা লাকনি হায়বদুনু,
থম্নুদে ’মুকশু অরাবা খোঙকময়গীদমকনু,
তাররে ওসিদি পুন্সিসে মচেৎ তাকলা খোঙকমদা।

## ১৮ ঈচেল

সুমিৎ থুদিংগী
মতৎপা লৈতনা চেনথরকই
ইকোই কোইনা মখম থুদিং
ঈগী ঈচেল !
শাম্নি অপোম মন্নাইদা হন্নাওনা থুদিংমক ;
লেম্না লৈতে ঈগী ঈচেল
অসুম অনুমক থুমগৎলকই
অপোমগী ভাম্বাদা।
নোংমদি শোইদনা লুপখিরি
হন্নাওরিবশিংগী মশাপুম্বা
ঈগী ঈশাজ্জা
মতম অমু কাওবদি ভাইবা ভান্নি।

## ১৯ অশেংবা শক্তম

চহি লিশিং লিশিংদগী
ইশাগী অশেংবা শক্তম লৈতে
অমথা পৃথিবীদগী
চাংনাইত্রবা মত্তালগা লোজকখ্রুনা'

অদুবু
কবি অমত্তনসু
থওইনা হায়বীত্রে
নোক্তুনা নত্রগা কপ্পুনবু' খুইনবসু '
চহি ঙসীং ঐলেতে; লিখা মাইকে হায়খ্রুনা!

## ২০ কাংলুপশিংগী লিচৎ

নোংমৈজিং খাজদবা তৌথিদে
মকমসিগী লৈরিবশিংদে'
পামদে মখোয়গী অরাবা
মখোয়গী সুংঙাইবা ঐগীস্থুমিঁ
অমগুনি পুম্নমক ঐঙোন্দা,
মফমসিদা, কনাগুম্বা য়েক্লবা
লৈত্তে পুন্সিগী।
অচুবু থুদিংমকশিগী বাংমদা
ঐগী মরূপশিংনা"
কয়াদা চুকচত্রবা ঐহাকপু।

## ২৭ অরোনবা মারী

ঐগী পুন্সি, পরিং অমদা লাকখি
অত্তুবু ঙরাংগী পুন্সি
ঙসিগী পুন্সি
অমত্তসু মান্নদে
হয়েংবা করি ?
কনাসু হায়বা ঙমলোই
ঐসু খঙদে
ঐসু খঙদে,
ফিজং অমগী মরুপদনি
ঐনা লেপলিবা অসিসু।

## ২২ লৈহাও চেন্দ্রবা লমহাং

খোঙেল অহুতনি
অহিং খুদিং তাগদবগী
তুমদা চাদা লৈখিবা।
করিগুম্বা তজাদা
মিকুপ নাহুম শোইখিবদা
নাথৈগ্রবরা মথল্লি,
অকনবা সুংশিংকী শাহুমদা
তিনগ্রবরা মথল্লুই।

অহুবু—

হেক্তুমক মতারকই
অরাপ্পা লমদমদগী অপিকপা মখোল,
মতমতুদা পেনখিবনি,
লৈজবা পুম্বা পীথোকখিবনি।

ওসিদি—

কনাস্থু লাক্লে, খুদিংমক থাংগ্রে।

নৈহাও চেন্দ্রবা নমহাংগী
কংশিলবা পাম্বীগুম নেপলি
অচিকপা নমদমদগী
অম্লাংবা নমদমদা নাক্তুনা ।
মফম খুদিং ম্লাহিপলি
অহিং খুদিং ম্লাসৈক্রি
নমহাং তুমহাং থিদনা
ওইজবরু ফংনবদি— ।

## ২৩ লুচিংবগী খৌদারোই

অহানবা অন্তুদৈ

মকমসিদা খুন্দারবশিংদুগী মশাদা
লাক্কদৌরিবা তমথৌরবা শাজৎ কয়াগী
লম্বী শেমবদা নিংহম্নবা লৈখিদে ।
মফমসিগী খুন্দারিবসিগী রাংমদা
'মুক্তা উত্ত্রিবা লমদমদুদা
খুদিংমক্কী তমথৌরবা শাজৎশিং
সুংঙাইনা য়েংলিবা ভাবোক্তুনা
লাওরক্লবা মতমদুদা
শকথঙনরকপা য়াই অমগা অমগা

নত্ত্রক্দি--

ঐ অমদি ঐখোয়না
পামজবশিংশিগী মরক্তা
অত্তুম্মক য়েংথিনদুনা লৈবা তাই ।
অদুবু অহৌবা খোঞেল অমনা
অমম্বদা ঐখোয় চৎলি হায়বসি
খঙহনবা ভাই ভাবোক্তুদা ।

# ২৪ লোইরম্নোইদবা খোঁদোক

মমথীরব' খোংবান্দা তাড়ুনা
অপুম অশাতনা মশা মউ তৈরবা
মড়ুদগী খোরকপা মনম্মা
কোইচেন চেলহনখি মীপুম খুদিং ।
লম্বেল খঙঅমশিংড়ুদনা
নমথীরবা কোমশিংড়ুদগী
কাখৎপ ঙমদনা লৈ ।
লাম্বনা চোকথরমশিংড়ুনা
মরেক মহাও য়াওরবা
মখোয়গী মশাশিং অড়ু
অঙম অঙম য়েংড়ুনা
শেৎ শেৎতুনা চাররি ।
মা মাগী থরায়না খাঙলি কপ্পা ।
শারবা মৈশাদা
য়াইরি য়াইরি তোঁবদ'
থরায় য়াওরবা উড়ুপকুম তারি ।
লোইরি` মফম থঙদ পুম্নমক
অমত্তম্ব খাঙঙমদনা অপম্মা .... ।

## ২৫ শিখ্রবশিংনা শাখি জগোয়

অয়ুক মুংথিলদা
পাইরকথি লংজা মপৈ মপৈ
শুকথনা তোংলথি
মোংফমগী ফুড়াদা
চানিংঙাই নৈত্রবদা অপুম অশা,
লমছুইশিংনা অহিং খুদিং
তোয়না তোয়না খোংথি,
তপ নপ্পবা মপূক পায়দুনা ;
য়ুমগী ছুইন' তোয়না কপথি
অঙানবা শরুক লারুবঃ।
অহিংগী মতম লোইয়মদাই
তোইনা তাথি
ময়েক শেংত্রবা খোজেল
ফুনগৎলবা স্বর মতেক মতেক,
মোংফমগী অশিবশিং
হৌনদুনা জগোয় শাথি
মখোয় মশেন
চেৎনা চেৎনা কোনশিনথি।

## ২৬ অহিংসা

ঐখোয়না খুন্দাখিবা মকমসিদা
নোংমা লাকখিবা
মশাদা করিস্ত খোংজ্রম'থুম
'হিংসা তৌগনু' কয়া লাওখি।
হারঞ্জ মচা মশুলিংকো
জীব হাত্তে, ঐখোয়দগী থাজে হাত্তে।
অদুবু হিংসা তৌই মখোয়দি
মীওইবা জাতিগী ঈ চুদা মাওই
এক এক মংকম্নে চুপী।

## ২৭ চাইনবা

হয়িং অনী থৎনৈ
ময়েক মহাও য়াওরবা অচাপোৎকৌ।
হাথু হাথু লাকচবা ককচেং অমা
থুদি থিজিন্নি অচাপোৎতুদা,
হয়াও হয়াও পুখি,
লাইনা পীবনি থন্দুনা।
ভিঙক ভিঙক য়েংহৌই
মখোয় অনী।
কমক পেঁম্মা য়েংখি
লেংবা ঙমজ্রবা হয়িং খোংয়াখী।

# ২৮ ইতিহাস

ইতিহাসকী ৱায়োদা ওনশিন্দুনা
অথিবা ৱাহৈনা চৈরি,
ফত্ত-হৌদি কয়ানা
মশাপুম্বা কুপনবা লংশিল্লি ;
ওক্কবীগী মচাশিংনা
সুমিৎ থুদিংগী।
লমচৎ নাইত্রবশিংহুনা
মহুদা হৌনা হৌবা নোকলি
মশানা মশাবু মাংহনবগী।

## ২৯ ৱাওথাংনরবা অহিং

অঙৌংবা নুংশিৎনা লিরি লিরি শিৎলি
নুংশিরবা হৈনম লৈনম্বা
মাইগৈ খুদিং য়েল্লরি
নিংথীরবী থাজনা, মায়হিং ইকা কাহুনা
চৌংলেম্বা খোঙশাল্লি।
নুংখিল চুপ্পঃ তুমজুরবা মকুনা
মোংকমগী মিশি পাম্বীদা ভোংহুনা
উইরুম উইরুম খোংলি।
তাম্নবা ৱারী কয়ানা
মোংকমগী ইতিহাসতা
মচি মচিদা ফম্লম্মী।
ভুট-প্রেত কয়ানা
কোইচৎ কোইচৎ চৎলি
মথৌ য়াম্বা চিনবঙুম।
খোঙ্গুল মচা অমথক
লৈত্তোই লমজাওহুদা
শৎতনা থেংনৈ অহিং খুদিং
অঙনবা অয়ুক্তা মমি কাওবা লৈরমদে।

চিহিচা কয়াগী বারীন।
মথঙ মথঙ লাক্রুয়গা
বক্ষব খঙনা মাংশ্রি ।
অহিংগী মতম লোইরমদাই
হিক্রা হিক্রা কপ্লগী মখোলনা
কাচ্ক্লোংফিনা বৈরখি ।
বৈলশাৎ শুদ্রিবী বৈলয়াং কয়া
বৈলখোক্তগী ক্লেহ্রম্বী—
মচোই খচোই—,
অহিং খুদিং—।

# ৩০ লম্বেলদুদা

পুন্সিনা হিংবগীদমক য়ায়ক্লবা
থনকম থওদ চওক্লয়ক্লবা য়াখলশিনা
তাইবঙগী শকথওনদ্রবা কাংবুশিংনা
পোত্থাফম থওদ্রবশিং থিরকই ফংনবা।
মকম অসিদগী চৎনো তোইনা লাওরকই
হিংকত্র খোঙকমদা খোঙথাংসিনা থাংজিল্লি
খোঙে থন খোকঙমদা থোইনা হেন্না চৎলিলি,
অশুকপা য়িংকেনা কোইনা কোইনা য়েংলকই
লমদম'মদা চৎলি তপ্লি তপ্লি খোঙথাংদা
শুক্তা য়োত্রিবা তামরা মকমদুদা
উদে কনাবুম হন্না য়েংলু মাইদৈগশিং
লম্বেলদুদা তাখি শরুশিংগী খোঙ্জেলশিং
মাইদৈগ লাকপা ওমত্রিদৈ থিনোক খোঙ্জেলদুগী
থুদাংপায় চিংশিনখি খোংক্লমদা, অশিবগী।

## ৩৯ চোকথরবা হকচাং

মতম অমদা অহিংবশিংগী
হয়াও পুংতাইবগী অহৌবা খোজেলনা নিল্লম্মী।
মতুবু লোইরে, মতুগী মতম,
তমথীরবা শাজং অমা হোংরে।
লাম্বনা চোকথরবশিং
তিঙক তিঙক য়েংহুনা' লৈরি,
মতুবু কনাদগীনো মখোয়গী চাননবা?
অদুগৈ মখোয়সু
মখোয়গী শরুক তাল্লম্মী চানবগীদমক
মতুম্ভ ঙমজ্রে ঙসিদি চপি তংপনা।

## ৩২ শীংনবা

নিংথৌ ওইরম্মী ;
ইনাক্তা মীনায় মীশন,
ইয়াথংতবু ঙাইদুনা লৈরম্বা মীওই কয়া
ফম্মাইবা কয়া, লানজিং পুরেল অথৌবনচিংবা ;
হাইকেৎতমক পনখিবদা অপাম্বা পূম্বা ফংখি,
য়াহৈ অমদা ওইহননিংবা থুদিং ওইখি।
ঙুংঙাইরবা মপোক অমা কয়ম্না ফংগ্রিবা
থাজত্রবা থৌদোক কয়ম্না ওইগ্রিবা।
হয়া য়েংই হৌগ্রবা মতমদা
মিংশিংবা থোক্কে
অদুবু
মমি-শামি, হাইকেৎ-লাককেৎ
শেংকাত্রবা থোক্লেল অমা
নিংশিংবগুম্মদি ভৌখি।
নোংমা হায়খি; কিথুম পুবহনা
'নঙ নিংথৌ ওইনি'।
মতিক চাবা মবা পীখি,
থুদক্তা ইপু মত্রিগী পাওজাক্লা শিবা তাখি।

ময়মদি, মোংমা নত্রগা নোংমা
মাগী মাহৈনা লমজিংহুনা
ইথক্তা লালহৌরকপা মাই।
মমা পীনবা মাথং তাওথখিবগা,
নোং খাকপগুম লাওরকখি
কাচিন্দুদা, তুমিন কমদুনা লৈরম্মা
মোতাই চুদাইনবা অমা,
'নঙগী অয়োইবা সুখিংনি
ঐনা নিংথৌ ওইরনি।'
অশাংবা খাংশাং অদুনা
থুমনা খিনখি, অদুগা হায়খি,
কিথুম পুবগী পাওতাক্না
'ঐসু নিংথৌ ওইরে'
খুদক্তা ওইখি মহাক্না নিংথৌ
ঐনা সিংহাসন্দগী ওন্থরবা
ইহিং নাহিং শারবা
চানিঙাই থকনিঙাই লৈত্রবা মীশক অমা।
তারকই অমুক্তা তাখিত্রবা
চাবা কংদবগী নাহেবা মথোল
চৎপা ঙমদ্রবা হুইনা শিথ শিথ খোংলবা।
উখি, য়াংগংলবা লমহৌদোংবা
শুকথ শুকথ য়েংলবা ;

মতম চুপ্পা ঙংঙনতা লৈরবা কারখানাগী
তকথাইনবদা মপুন্সী কেয়বা ময়াশিং,
অহিংগী মরুম্বী,
হোটেলগী অঙাংবা মহিগী নিশা;
ফিজেৎ লৈতেং য়াওত্রবীঙুগী
কল্লকনিঙাই ওইরবী শাথেক।
ওহ! কয়াদা নুংঙাইপ্রবা
চিনবান্দুগী অযোনবা মহাও, কয়াদা হাওপ্রবা।
থুঙংগী চয়রানা কপ্লম্মী
অহিং চুপ্পা মপুরোইবগী কম্মাংদা
গতি লৈত, মপি শিহৈ তুমিন তুমিন।
নোংঙানবদা থুদাং পিকম তৈ
মপাম লমদম পাংখি।
ঐগী মরুপ সুংশিবা অঙুঙৈগীঙু—,
য়েক্রুবনি থনগ্রে ঐবু
ইথক্তা লালহৌ লাকলে,
সুংশিরবা মরুপশিং।
মাইগৈ শলাই থঙদা
তৎতনা লাওরি সুমিৎ থুদিং
মথৌ'য়গী অপাম্বা পীয়ু।
খোঙথাং অমদগী খোঙথাং অমা
অস্তুম অস্তম্মক চংশিল্লকই হন্দনা
অঙুবু, ঙসিদি ঐগী করি ইত্তিক লৈ?

## ৩৩ থম্মোয়গী মমল

পৃথিবী অসিনা তাল্লি ঐঙোন্দগী মতমপুম্বদা,
বাখল ওস্থোক্লনবা,
পৃথিবী অসিনা হম্না হম্না হায়
শেল লৌ অদুগা নঙগী থম্মোয় পীয়ু,
অদুবু ঐগী থম্মোয় অসিদি মমল য়াওদে.
নিলামদা য়োনবা য়াবা পোৎ নত্তে
অদুগা যটা পুনবা পাণ্ডব মঙাম্ নত্তে।
ঐগী থম্মোয়দি ঐগী সুংশিবগীদমক্লি,
মহাক অশেংবা দুপীনি।
অদুবু মসি, কুরুগী লৈপাক্তা
কনানা হায়বা ঙম্মী,
"মহুদি মহাকী দ্রৌপদিবু
চৌবরদা থাথিব।
যুধিষ্ঠির নত্তে হায়না।"

# ৩৪ মোংফমগী ৱারীদা

অহল ওইশিল্লকপগী মতম্দা অঙ্গম্মক নকশিল্লকই
অকনবা শাফুদ: লোনশিনখি থোংশিংনা খোঙথাং খুদিংগী
শান্নরিবা লিলা অমদি মঙগী মরক্তা।
অঙ্গম্মক পুনশিনখি অমত্তা ওইনা মঙগী পুন্সিদা।
অরিবা চহি—অঙ্গম্মক মমি শামখি
মতম অমগী মাইপাকপগী কিরাল
খুদিংমক অহাংবা মালংদগী মাংখি।
নিংশিংবগী ৱাংমদা লানথ্রবদা পুম্নমক্না
পিভনা চোৎখি উনশাশিং।
অরিবা চহিনা শাওখি,
হৌরককম অমদি মরম লৈতনা,
পুম্নমক অসিগী অর্থনা করিনো?
মতম'মগী সুংশিনরম্বা, য়েংথোনরম্বশিং খোঙচৎশিদদি
মোংফম ৱারীনা ঐগী ওইরবদা
মতম'মগী ৱারী, নিংশিং পনখৈদা লাক্লবদা
নত্রগা, কুমজা কয়া লানথ্রবা
তাইবঙ মীওইবগী ৱারীদগী তোপথ্রবদা
অনৌ অরিগী খেন্নবা লৈরিবরা 'মুকহন্না?

# ৩৫ নৈহৎপীরবা উ

অমুক্তস্থ থাজরুদবা রাহং
অহুবু কয়ারক হংগ্রবনি
ইশাশি খঙদনা,
রাহংশিগী পাউথুমগীদমক
লম্বেল কয়া চৎথিবনি।
অহুবু,
হংখি নারদ মুনিনা
কুনশুবা শতাব্দীগী ময়াই চল্লকপদা
ভগবান নারায়ণদা
"পুন্সিগী মওং অসি করিনো?"
মিকুপ খরা ভুমিন লৈরুমগা
ঈশ্বরনা পাওথুমলকই.
পুন্সি হায়বা অসে 'আক্রিকাগী উনি,
মহুদি অহিংবগুম উরিবা,
মপাম্বোম কয়ামরুম শব্দোক্রিবা,
অদুগা মসিগী পুন্সিবু নৈহৎপীহুনা মাংলবা।'

## ৩৬ শেংফাত্তবা মমি

পূম্সি লামায় ফরা ফরা পাইরি
ঈ কারবা মিৎ, মশেল মরাংলে.
মাঙলা উরি অহিংগী খৌদোক।
খাঙবা ঙমত্রব অনাবনা
লাওয়ি কয়া কয়া চৈনা খাঙনবা।
শরোইশিংনা থিক থিক নোকপা খোঙেল,
ঙহাকী মমুংদা
ফি থোংত্রবা হকচাং. মমি শামি,
ঈ তৈরবা নখুৎতুনা মারকখি,
থাজবা শক্তমদা মখানা মশাবু।
লোইবা নাইদবা খোঙচৎ অমদা
চংশিনখি লেপ্তুনা।
অমুবা শক্তম্না করেম্বরি
অঙৌবা মচুগী মমি শেংফাত্তনা তারি।

# ৩৭ খোঙথাক্ম মচেৎ অমখক

ঐ হৌজিক্তি ঙাংথোকপা ঙমদ্রে
কপ্লি ঐহাক
মতম চুপ্প', চহি কয়া।
খঙত্রা ঐনা কপ্পগী মরম?
নোক্লিংবা বারী,
কুমলৈনাগী থৌওং,
লৈপ্রে অশিবগুম ইনাক্তগী।
অমুম্মা মহাক্না চৎখিবনা,
ঐগী পিসে কৈদৌঙৈদস্থ লেপ্পরোই।
অদুবু মহাক্তি তশেং তশেংনা
খল্লখনি ঐমক্তি পুন্সিসে কাগিনি,
লাক্‌না ঈল্লক্লে ঐবু।
খোঙকাপ অমগী মকম কাওবা পীবিদ্রে।

## ৩৮ নোংমদি কল্লভিনি

গীর্জ্জাগী কাংশি মখোল
থংলেপ লেপখি থঙহৌদনা।
যীশু খৃষ্টকী মবাংদা
লাইশোল শোল্লিবশিংহু
লেপখি মচিন্দ লাইশোল,
থংপাং পাংখি
উইশিল্লম্বা মমিৎশিং।

করিনো থবায়,
করিগী কপল্লিবা?

থঙজিবা পোৎপু থঙনবা তানবা,
করিগী মুংশুক মুংজামখিদ্রে
অহিংবা থবায়নি, শিরোই।
অদুবু চেকশিল্লু, আম্মাবু অবাবা পীগদু
মহাকী খোজেল পুন্সিগী পাউজেলনি।
অমম্বা অহিংনা চৎলিবগা
মথংগী অয়ুক্তা, অঙনবা শরুক্তা
দুমিৎকী মঙালদা উগনি শোয়দনা
অয়ংবা লিক্লা, তজিক তজিক,

তিংথৌ মতোম্দা,
মাংখিনি ভুবন কনাদসু তাক্লবলোই ।
অয়াম্বা অহিংগী মকুসু
ওসিদি খোংলরোই ।
চিক্লনি, চিক্লনি ওসিগী অহিং ;
হায়োগী ঈশৈসু ভুমিন লৈরগনি ।
অঙাওবা নোংলৈ নুংশিৎ খঙহৌদবা হৌরকনি
অথেংবা অহিংদা কনাগুম্ব খঙহন্দনা
অহিংগী ফত্তবু মাংহনবা,
উরোই মোমোন মিনোক অচিকপনবুদা ।
ইতিহাসতুদা—
সংসার অসিগী মাইথোংদা
মোমোন নোকখিবন্থ
য়াওগী শঙ্খ মচাদুদা
লোইরে, লোইরে ।।
মতমদুদা রাজখি
পোকচবী রেঙ্কীদি
অপোকপা জোসেফসু ।
নুংঙাইবা কাংবু জগৎপু মানবীয়গনি খন্না
অরাবা কাংবু নমশাংদা মাংগ্রগনি খন্না,
শাওনিংবা কাংবু অরানবু নহৎগ্রগনি খন্না,
কাংবু কাংবু, অম্মা তিরলে ।

[illegible] [illegible] [illegible] অকিবা অমা
মিৎকী পি তাখি, অসিনি থবাক্কী খোঞ্জেল।

অঙাংবা মচুগী ঈচেল
ঈথক নাইনা চেনখি

মুথৎপা ঙমখিদে
অঙাংবা মচু।
ঙসিসু চেল্লি
ঙসিসু চেল্লি
ঙসিসু চেল্লি
তাংথক নাইনা লেপ্তনা।

লোইবোই নোংমদি
মেরীগী মথাংদা পামজিনবা অঙাংবা
কপ্পখিনি অমম্বা অহিংদা
সংসারগী লৌনমক্তা থাংবা কাপকনু।

## ৩৯ অশিবা শক্তম

অপূম অণা হৈথকম ওইরিবা
সহরগী বালা অছুদা
চেম্বরকই
কুমগী নোংহৌ লাকপদা
অতেক অনৌ কয়া
থাজদনা
মথঙ মথঙ —,
অছুদগী.
লাম্বনা চোকথরবা থবামনা
কয়া কয়া লাওখি
চহি হেক তৎপা মথৈ,
'নখোয়গী লমচৎ অসিনা
ঐখোয়বু মাঙহল্লে,
ঐখোয়বু মাংহল্লে।'
থবায় পান্দবা জীব
নহাক অমুক হিংলরোই
মহাক অমুক হিংলরোই।
সহরসিদ', মফমসিদা
লৈত্রে অফবসু ফত্তবসু।

## ৪০ তাইবঙপানগী রারী

থাজবা য়ায়বা অহিংত্থ
লৌনমথি সংসারগী অহিংবা কাংবুনা
সৌরজগৎকী তঙুপ ভরেং থোকলিবা
থরানমিচাকশিং থোকখিদ্রে
মমি শামলে পুন্সি
থুদিংমক অমগদা লোৎত্রে।
তপথথি তাইবঙ অসে, থোঙচৎ কায়থি।
অহেনবা তানবা কাংবু
তাইবঙ অসিবু নাথৈরবশিং
রাতানথি মুশুক মুশুক
করিস্থ থঙখিদে, কনানো হায়বা।
অসিনি তাইবঙ অসিনি পুন্সি!
থোৎলবা মিৎকী পিনা লৌনমথি মিৎপুম্থ
মোমোয়বা মায়থোংস্থ মচেৎ মচেৎ তাথি।
ঙাংথোক্তবদা চিনসিনা
কাইরবা থম্মোয়না লাওথি,
'কাইনরসি, ঐখোয় 'মুকহজ্ঞা উন্নগুমসি।'

## ৪৬ পুন্সিগী মশক

পুন্সি অর্থ থোক্কে
পুন্সি অর্থ থোক্কে
লমচৎ নাইদবা নাইদবীশিংনা
মাওহল্লে মীওইবা কাওলুপ,
নোংমা নোংমগী পুথরে
অঙ্কম অঙ্কম্মক—,
লমদমশিনা ফিংগদবা তক্লে ।
হুমিৎচুপ্পা ওক্কী মচাসিংশিনা
হন হন্দুনা থিরি চাপকনবী
অকৌবমশৈ ।